

পলেমগী খোয়াং ওয়াংত থাদোকচৈ
পলেমগী পিরাংল ওসিগী নেশা ওই
পুন্না য়ামীন্ন, কপমীন্ন থাওমীন্ন
লাক্লরোইদবা "নোংমা" ঙাইরিবলক্তগী
শ্রী........ .... .... .... .... .... .... .... .... .... ........
নকমদা খুদোল তমজবনি

---

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডমিগী মতেং কংলবা

---

# "ঊনাগী খাংপোক"

মহাক্কী :—

— প্রিয়োবর্ত্ত —



# "উনাগী খাংপোক"

— প্রেয়োবর্ত্ত (১৯৫৮ – )







* অপুনবা ইছেরেং — য়াইখৈ তরেং

* ... মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, ৱাংজিং।

* মথুমগী নমুনা :— নবা নাওরেম

* মথুম য়েকপ অমস্নুং ব্লোক শাবা ] শ্রীথোনাওজম মঙ্গী সিংহ ( T H M S Painting Work, Wangjing )

* অহানব ফোঙব কোপি মশিং :— ১০০১

চহি ১৯৮২ (এপ্রিল)

* মমল :— লুপা ৩'০০

( নত্রগা অঙস্ব খরদং )

—অইবনা তাইনফমনি—

Printed in Manipur

Peoples' Progressive Press, Kakching.

# ৱাহৈ খরদং

মতমশিগী কবিতাদি "ফিজেৎ-লৈতেংগ্রবা শকখঙ্ক্রবা মীগা" চপ মান্নগ্রে। কবিতা মশামক্লা পাউখোং ওইজবনে; মতমশিগী পুন্সিনগা হেন্না লংজিল পুনবনে; হৌজিক্কী কবিতাদি খঙ্কবদা ওন্থোক্লা ৱারে; অখঙ্কবা মশেল খঙ্কনবা মঙাইরে।

শ্রীপ্রিয়োবর্ত্তগী "উনাগী খাংপোক" শৈরেং ৱাথৈ তরেৎ য়াওবা লাইরিক্নি। "উনাগী খাংপোক" হায়বশিগু শৈরেং অমনি ফজরবা ফুরা-দলাল কয়াগী মতমশিদা, অইবগী থম্মোয়দা উনাগী খাংপোকতনা শকনবা অমদি লেপ্তুবা ঈথিল পীরি। উনাগী খাং-পোক মখাদা হিংবগী-লানকমদা মায়থিরবা পুন্সি কয়াগী ইতিহাস ইবনা অইবগী অপাম্বনি।

প্রকৃতিগী ফজবনা, মথোংকারকপগী ঈথক্লা অইববু কল্পনাগী জগোয় খুথেক অমত্তম্ থেকহনবা ঙমদ্রে; হৌজিক্কী পুন্সি, হৌজিক্কী সমাজ অসিদগী মিযেং থমগ্রে। সাহিত্যদা ফংগে তাল্লিবা অচুম্বা, অফবা অমম্বুং ফজবা হায়বদু হৌজিক্কী সমাজদা মমি শাল্লক্লবদ অইবগী পুক্নিং লৈতাদরে; অচুনা থম্মোয়দা কাও-রকপদু ইশম-শম্না-ইতিং তিংনা হেক্ক থম্বতনি। শৈরেং খুদিংমক তেল্লি; অদুবু নোংজুথাগী ঈচেলগুম লাকঙম ফাঙমগ্রবা অর্থ

পীরি। অইবগী অওং অনৈ লৈত্রবা মায়বা সমাজ অমগীদমক কলম পায়রীবনি হায়বশে মহাক্কী শৈরেং "প্রার্থনা" হায়বহুদগী খঙবা ঙম্মী।

মনিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভানা কুমশি চাহিসিদা শ্রীপ্রিয়োবর্ত্তগী কবিতা "ঊনাগী খাংপোক" সহিত্য প্রেমীশিংগী মকমদা থুংশিন্নজরী।

রাংজিং
তাং ৮/৩/৮২ ইং,
নিংথৌকাব।

শ্রীএন: বিরেন সিংহ
ভাইস-প্রসিডেন্ট,
মনিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা।

# ডনাগী খাংপোক

Ah me !
  A free fool facing to the full
  I feel the absence of life ;
  And of the Man in me.
See ! Self suffering sucks
  My sole sensitive self
  And (it) eats up
  Vital nerves of consciousness.... .... ....

O —hear me—love me—console me—
  I am old in my youth—
  I fear ! I fail ! I feel !
  Life is but a fever ! I faint !



# অইবগী পরেং

"উনাগী খাংপোক !" মমি শামগ্রে-শামখিদোরে-লমদম খরদ মীওই খরদ— অহুবু-ঐগী শোল্লবা থম্মোয়শিদদি উনাগী খাংপোক লিশিং লিশিংনা তুখিবা তৌদনা—

লেপ্লি।

অরাংবতগী সমাজ-বিজ্ঞানগী সভ্যতানা থৌজালবীরব খাং-পোক্লি-অঙকপ থৌজালনি-ওংপীবনি-নৈবীবনি-কাউবীবনি—

ও লাম্লে— নিংশিংবীরকখি নোংমদি— ভোট ময়াদনি— পাপতগী খোঙপাকশিংহুনা নেংখাইবীরম্মী খাংপোক মায়াগী— লুপাতনা থকতোকখি— লুপ্রাবী ঈমাগী খম্বা ওম্বগী শক্তি— সর-কার শেমলে— য়াওরমদে সরকারগী মেগ্রা— উনাগী খাংপোক —খাংপোকী খুঙ্গং— অশুম্না।—

খাঙলকখি— ঈশ্বরনা রা ডাঙদবনিনা ঐস্নু রা ডাঙদনা অহুবু খাঙবা ঙমশিল্লক্রব মতমশিদত খঙলক্লে —· খঙলকপগা মন্থরম্লে পাঙ্গল—পুঙ্গি—অহুনা

ঐনা তৌবা ঙম্বা হায়ববু ঐনা তৌরীবশিংতনি— মাঙদা ঙসি উরিব পলেমগী শক্রমশি কুইররোই মমি শামগ্রনিকো। —খল্লুবদা— শক্রমশি মুম্না য়েংজরিবনি— য়েকচহৌবনি— অহুনা ঐদি শুপ্লতগী— ময়েক শেংদবা খোম্থাং অমতনি—

ষ্টেট কালা একাডমিগী শেলগী তেংবাঙনা উনাগী খাংপোকশিগী থৱায় হাপ্লীবনি— পিপলস প্রোগ্রেসিভ প্রেসকী মেনেজরনা থৱায় য়াওনা ফোঙবী তাজবদা কাউজদে— "ৱারবা পুন্সিসিদা শিংঙম্নরোইদবা লমন"— লাইরিকশি ফোঙলনি তাবদা পুক্নিং থৌগৎপীরকপা, থম্মোয় কায়হনবীরকপা ছাত্র-ছাত্রী, মরুপ-মপাঙ পুম্নমকপু থাগৎচরি— অরান-অছুই পুম্বা ঙাকপীয়ু— মত অমতংদি থাবীরকউ— পাবীরিবশিংবু খুরুমজরী—

লোইশিল্লকপপিদা— ওজা, নহাকপু কাউজদে—

"নহাক্না থাগৎপীয়ু; নহাক্না চৈবীয়ু।"

তেন্থা
১১/৩/৮২ ইং,

থায়গী :— অইবা —



# প্রার্থনা

ইমা, নচাদিনে হিংলিঙৈ পুন্সিশিদা
কাওথোকপিবতা নত্তনা কাউথোকপিরেদো
নাইতোমতাবা পুন্সিদগী হেন্না ৱাবা
পুন্সি অমা লৈরবদি সংসারশিদা
ইমা, ৱারীহ'ত লিবীয়ুকো নচাদা
অহুগনে ইমা, নঙগী খুংশেমদদি ঐসে মীনিনা
'মীবু হাৎপগী লিংজেলহু পীবিন্নুকো
মী ঐবু হাৎননবা পাঙ্গলহুস্থ
নঙগী নচাশিংদা পীবিরুন্নু
য়েংঙু ইমা, কারবারশঙদা পুন্সিবু মথিকননা
পুন্সিবু লল্লোনবা ঈচুপ্পা কাংলুপশিনা
নেৎখাইরক্লবস্থু ইশাশে ঈথেং তানা
মখোয়বুদি লুংশিজগেকো মতমপুম্বদা
ইমা অমত্তগী মচানি থন্ন
অহবুনে ইমা, নৈহৎপিরবা, লোন্থোক্লবা নচা ঐঙোন্দস্থ
থম্মোয় অমদি পীবিরবনিনা
খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল অহুত্তদি
পীনবীয়ুকো ইমা হিংলিঙৈ পুন্সিদা
ইমা, নচা ঐখোয়গীস্থ
ঙসিগা হয়েংগশে খিত্তদি-খেন্নহন্নুবা !

* * *

# নৈহৎপিরবা তুংদা

**অহুনা হৌজিক্তি**

'নিংবকায়বা' হায়বশে ঐঙোন্দদি
কয়াদা থোংপা ব্রাহৈ ওইগ্রবা !
চৈনাখোল তেংথাখোল অরা অনাশে
য়াওদনা ঐদি, হিংবা চুম্নরোইদো ॥
ও— লৌথোকপিগে খনবিরন্নুকো
মীনা হঙ্গোম্নরবা লায়না অসে
থাদোক্লবা য়াম্রবা শরুক অমা
ওইরবনি ইপুনশিগী ॥

* * *

# ব্রারিনি "ও" তগী

"ও ওহ ! আই আহ ! হি........"
অশিনি । শুপ্নগী অসিখক্ত !
তারেদনা ঐগী পুন্সি ইতিহাস ;
নোংমত্তা ওইখিদে "বা-বা সবাস" কী পুন্সি
পুন্সিনি "সর্বনাস" কী—
ব্রারিনি "ও" তগী........

* * *

## মীগী চীন

ঋাহৈ অমথক্তদা মীগী—
শাগৎলি মিকুপতা— অতিয়া খেৎপা দলাল,
ঋাহৈ অমথক্তদ মীগী—
উৎ ওলহনখি সহর অম ;
ঋাহৈ লিশিংনা মীগী—
শেম্বা ওমদে পুন্সি অমা
ঋাহৈ অমথক্তদ মীগী—
লোইশিনখি পুন্সি লিশিং ॥

* * *

## অশিংবা মী

পৈশা য়াওনা য়াওনা
ভারা পীরোই চক্রি ত্তৌবা ; অশিংবা মী।
অপঙবা বস কন্দক্তরক্লুনা
তাঙ্গা য়েংলগা কাওথরকপদা
লোংনা তাহৌই অশিংবা মী :
অশিংবা চৈনাখোল্লক্ত—
অশিংবা মীক্লুনা লাউহোই :
"করি তৌরি সরকার !"

* * *

## সংসারগী চৎনবী

অহুম অহুম অহুম— হংই
বাজিনা হেক হনজিল্লকপগা—
"নমাদি কদায় চৎখি";
ইমানা হেক হনজিল্লকপগা—
"নঙগী বাজি কদায় চৎখি"
অহুবু— নোংমদি— নোংমদি শোয়দনা····
ওহ! ওন্থোকপনিদকো "নোংমা"

* * *

## ঐগী ইকেশন

তৌনরিবশিনা অফবত ও রব
ঙাঙনরিবশিনা অচুম্বত ওইরগদি
মতম কুইনা হোৎলকলবা
ঐগীস্থু "ইকেশন" অমদি লৈ:
$X = Y$,
Or, অচুম্বা = অরানবা,
Or, সাধু = হুরানবা,
Or, নুঙাইবা = অরাবা
$\therefore$ পৃথিবী = নোরোক॥

* * *

## সেবাব্রিদা সেবা

নহাক্না— কপ্পহুনা—
ঐগী মুঙাইবগী মঙাই কাহনখি
অহুনা থেমজিনখিদবনি—
মিকুপ খরদংগী ওইজব খিবদা।
লেপহনিংদবদগী— ঈতিহাসকী ঈচেল অমথক
হৈজিনখি নঙোন্দা— ঐগী লৈজবা পুম্বা ;
চেম্থখি— চেনথখি মহাসগর তম্না
নঙগী লৈরক মচাহু ফাওহুনা........

* * *

## লেপখ্রবা ভুমিকম্প

কলিযুগকি কৃষ্ণ কুরাওহং চল্লে ;
কলিযুগকি দুষাষন ময়াম্না কি মুনবদা
কলিযুগকি দ্রৌপতিশিং পেম্ন-নোকচরে ,
নিককে তৌরম্বা লৈশেম্বগী শুরুংখোঙ
থাদোকপদা মতাখি, য়েংনিংবদগী
মখা তানা "মহাপৃথিবী"।

* * *

## পুখমথক্কী নোংলৈ

চাৱগে থাঙ্গংলি— শুপ্নত্তগী ঙারৌ মতেক অমা
অহুবু নিংশিংলকই— চয়ামপোকপী ঐগী প্রিয়া
অহুদগী অমুক— কুমলায়না চেপ্লবা ইচা এডিডাস
নোহৌনবা উরকই— সরূত্ত ঙায়রবী ঐগী ইমা
নিংশিংলকই— চাকথুং-ফিথুংদ্রবা সংসারগী মীয়াম
অহুগী থৌরকই— ঐগী পুখমথক্ত প্রলয়গী নোংলৈ
মীগী মেলা— হিংনবগী দাবী— অঙাঙবা ফিরাল
অহুদগীদি তারকই— ঈশৈ অমা শুমঙ্কাংলবা,
পুন্সিবু শান্তি পীবা ঈশৈ—
নোংমৈ শুলিগী ঈশৈনি— ঈশৈ !

* * *

## ৱায়থু লাবা

কান্নৱোই কান্নৱোই কান্নৱোই থোরকউ
থোরকউ ৱায়থু ঙাপ্রুমগা লোয়নবা
নমান-নমান্নবদি ঙসাইনা য়ৌখ্রে—
সনাকৈথেলগী অচাথাউ মুনখ্রে !!
আহ ! অমুক্তদি থোকপীরকউদ—
নখোয়না অমুক্তং শিবিহুনা
ঙসিদংগী চরাদং ফংহল্লুদ !!

* * *

## হৌদোং লৈশাবী

নশক ফজৈশু খঙজরবা
থরান থানিশু জামরবা—
জুইদা করিগী ইরাং হৌরুরি ?
জুইনা কোইজান তামরগা
ভাদা করিগী শাউরুরিব
অহুগা করিগী চিক্লি—
ফি পক্লবা নাউশুমগী অঙাং॥

* * *

## Q দা

হিংলি ; য়াম্না হিংলি,
শিগ্রে— য়াম্না শিগ্রে
শিগ্রবশিংদো পোক্লিংই—
দরখাষ্ট থারি অশি লমদমদা
"মী ওইনা পোকচগে অমুকহন্ন"
ইন্নরি— ইন্নরি Q দা॥
মীরমলেনশিদস্ন ইন্নরি—
ইন্নরি Q দা—
"অঙাং য়ৈথোকফম ডাক্তরশঙদা"

* * *

## মরুপ্পা! হুরানবরা ?

"অহিংশিদা, মমঙ্গবা কাচিন্দা
কৌৈগী খোঙ হাংলিবা—
কনানো নহাকপু কনানোনে ?"
"মরুপ ! ঐনি মরুপ !
নঙগী হুইশিনা খোংমনবশিদা
চেনশিনলম্লীবনি মকমশিদা"
"হুইনহাই, হুইথিবোং।
মরুপনি হুরানবনি খঙবা ঙমদব
নথিবোং থাকপগী করিদি কাম্নরি ??"

* * *

## লমদাই থাংজ

তম্নকমদা—
সরোয় খাঙকমদা হন্নুবী ময়াম
য়ুমলৈতবা ওইখি হন্নুবা খরা ;
তম্নলাই খরা মীরৈতবা য়ুমদা
তম্নমী খরা লুপ্পবী শঙদ !
ইহে— পাপ্পা অমা কোমদা পুথরে—
ওহো— জগৎবন্ধু নোকপদা ঈশিং য়ুরে—
লমদাই থাংজদা মীনা তম্নরে·······

* * *

## ওঁ শান্তি

শান্তি শান্তি ! শান্তি পাম্মী
য়েক্লবা অনিছু মখুৎ শোক্লৈ
ফিন্নুংদ নোংমৈ থম্মোয়দা মৈগীচীং
শান্তি শান্তি শান্তি রাহৈনা
সংসার অশে শান্তি লৈহন্ত্রে—
য়ু লিক্লি অমগী মমল—
শান্তি পুরক্লবা চাদিং—
নিউট্রোন বোমগীদমক—
মখোয়না য়োম্থোকই পৃথিবী
রাহৈ অমথক্তগী পৃথিবী—
শান্তি— শান্তি— মখোয় থকমিম্লৈ ॥

* * *

## লাই ওক্লবা

ইজ্জৎ পংলে— মনম নমথিরে
অপোম্বা কেল্লে— অমৃত চুপগ্রে—
ঙাইবা লেপ্লে— আপসরাগী খুৎথেক
লাংতক্লবা কোকতে— মথংদ— মথংদ
ফুরিংখাউদ য়েংই— শিথক্ত— শিথক্ত
থোঙত হাংদোকপদা ফুক হৌগংচৈ
চঙলকই চঙলকই কোইজোম্বা অমা !

* * *

# তুরোনব দশা

শ্রী য়াওব্রবা মহাগী কৃষ্ণহুনা
ইরাং বাঁশি খোংলুবদা
রাধা অরেং চেনশিল্লকুনা
মুমখি ওক্তোকপা পোং অমা—।
খোশারম্বা চীং নিংথৌ
কেকু লোংখি, অর্থ চেন্দনা॥

* * *

# রাজনিতি

নিংথৌহুনা উংলি লুপা খাউজাউ
মিংতাংবহুদা—
খুপাক্লা থাজিল্লি মতৌ য়েংনিংহুনা
অহাংবদা মাই মিংতাংবা
মতৌহুদা মুণ্ডাইহুনা অমুক থাজিল্লি,
পি তারবা জিবহুনা হায়রকই :
"ঐদি মিত্তাংবনি তাণ্ডহুনা লৈরদৌবা—
নঙগী নমিং অনি পাল্লি—
অহুবু নঙদি উদে।"

* * *

U. KH.

## পুন্সিগী ময়ল

অচিকপদা ; সরূপোলাং অমনা
মোংশোংলক্তগী লাউরকই ভীমগুম্বা ঐঙোন্দা—
"অয়াওবা পুথোরকউ নথরায় কনবীগে"
মংতুনা লৌখি অয়াওবা লুপা—
শুপ্লতগী লুপা তরাচংপী অমা।
লুপা তরা! পুন্সিগী ময়ল!
সরূ পোলাংহু লাকগুম-কাগুমখিদে
ভীমগুম্নম্বা ঐ কয়াদা পাণ্ডখিদ্রবা
হিংবা পাম্বদগী— শিবা কিবদগী—॥
কনখি পুন্সি অনি— শুপ্লতগী তরাচংপী ১না॥

* * *

## ট্রে'ন তৌরবা হুই

"হুই !
থবকশুনি হায়না য়াহৌপ্রবা নগুনা
করিগী অমুক চোংথংলক্লি
কমুংথকশিদা.... .... .... "
"ও মাষ্টর ; আই'ম সোরী....
অদোম্না শুরীবা থবকতুদা
ভেংবাংজগে তৌজবনি॥"

* * *

## থরুঙ মনাকত

থরুঙ মনাকত
লেপলিবা মীহু কিব নৈতনা
চঙশিল্লকই। লমহুই কৈশাল ওক অহুম
মথুং শোক্লে থকমিন্নৈ নোকমিন্নৈ
লাউনৈ খংনৈ ফুনৈ সুংশিন্নৈ—
ঈশৈ শকই জগোই শারকই
কনানা কনানো খঙবা ঙমন্ত্রে—।
মীহুনা জ্ঞান তারকপদা
কি পক্লমন্ত্রে মশাহুদা॥

* * *

## হয়িংখোইদ

লেংশিল্লকউ বন্ধু,
সুমিং চুপ্পগী শুহনতা লৈবা
পুন্সিবু থবক্কি উংলিবা।
ঐদি পুংতন তল্লে; লাইরবগী লায়নানা চারে
ঙসিগী সমাজনা ঐ শুন্নে॥
হে হয়িংখোই, খঙলমলবা নঙগী নয়ুমহুদং
উংপা ঙন্নমগনি ঐস্সু—
জিববু সুংশিবা মীওইবগী থৌজাল॥

* * *

# সিদ সিন

অনা পকত্রবা টাইজাউপুনবা মিটর ওত্ত না
পুন্সি করবারশঙদা হুমাং হন্দোক্লুই ;
অহৃদগীদি— জু-জা ; জু-জা
অঙানবহুদ্রা তম্নরকখি ।
পুঙজা অমগী তুংদা
ফি পক্লুবা হুই ওইনা
চেম্বোকখি মমৈ মক্রাঙলোম্ন ॥

* * *

# দেৱালি মরু

লুপাতগী হিমালয় তরুক
ময়াগী চেথক্লা তারি ;
নহা-পাখং, অঙাং-নুবী
অপাম্বগী নেশাদা— অমমব উখি ।
ৱাখল তিম্নত্রবা মায়াগী মরুশিং
অমস্বা মরকতুদা নোক্লা হিপমিমৈ ।
লুপা পাম্বদ লুপা মাঙবশিং—
লুপা মাঙবদ যুমলৈতব ওইখি ;
লুপা তানবদ লুপা ফংবশিং—
লুপা ফংবদ জ্ঞান মাঙখি ॥

* * *

## চ্যেশিনব্রা

মহাপুরুষ অমনা হায়রকখি চেকশিনবা অমা,
"হিংনবগী ধর্ম্মদি লুপাগী ধর্ম্মনি,
অরানবা তৌরগা অচুম্বা থিম্মু,
খুং তরা পাল্লু— কোক তরা লোঙঙু,
ঙমন্ত্রগদি অতুম্মক শিখিবনা ফরে।"

* * *

## তেংথা-ঈশৈ

কাঙ,
ল্যায়না শল্লোকপদ নঙনা ঈ চুপ্লিবা,
নঙনা শিবশিশু—
মুঙাইবা মথেল অমনিদনা॥

* * *

## লমহুই মতৈ-মনাউগী য়ারী

"হে মুপী, নঙনা হিংলিবশে
হিংলিবনি— মেনশিন্নবা
মুপাগী অরাংপা নেশা অমতং!"
"মুপা! মুপীগী লান্দা মাইরোং য়ারীবা,
নখোয়দি অঙাং পোকশু পোক্তনা!"

* * *

## I bet

পোঙ্খা চারী,
তরাদ মঙা ইন্নু—
ঐগী থম্মোয়শে মচু হোংলমত্রবা
ঐগী ঈশে মচু ঙাঙলমনলবা
তরা ফংজৌ নঙ ত্রিদা ॥
Anyway, মঙাহু ইম্নিংত্রগন্থু
ককপদদি ককথংলু ঐগী শিংলি
অহুগা য়েংবতদি য়েংখো
অচুম্বহুদং খঙখো !!

* * *

## বার্তন তৌজরি

পোকমিম্নহুনা হিংমিম্নরীবা
ঐখোয় নুংশিনশি হায়না
ঐনা বার্তন কংচরিয়ে—
নুংশিবশে ঐনা মহাল্লেকো ;
নুংশিরবশা, নখোয় লাকউ
ঐনা শিরগা— সংস্কার য়াওরলাউ
সরুশিদং শিন্নবিয়ু ছাত্র-ছাত্রিশিংদা
ঐনা বার্তন কংচরিয়ে ॥

* * *

## লাংথাক

শাত্তানবত্তুনা হংই
সনাগী সজ্জি লৈকম,
ঐনা খণ্ডদে খুম্মুবদ
খণ্ডদবগী মরম হংখি।
ইশাগী ফিজোল, ইশাগী লুপা
ইশাগী আত্মা দাবী তৌরবদা
অনৌবা জ্ঞান খংলাক লাকখি—
"ঐ মাগী লাংদা থুরে।"

* * *

## মান্নবা লিংজেল

মীতোপ অমা চঙলকপদা
হুইয়ামচু পুল্লপ খোংলকই—
ইমুংচুদা চরাংনরকই— "থাম্মু— থাম্মুমু"
"হুইনহাই" লাউবদা চপ লেপপ্রবদ
চরাংনবচুদি অশুম হেনগংলকই—
"মাননি মাননি— মখোয় মশেন লাঙনরকই,
"নঙনি নঙনি"— মখোয় মশেল কুনরকই।

* * *

## কৈদৌরুরজাৎনোনে

চুম্না চৎচরম্বা ফিজেৎলুবা নহাক্নদা
অহলক্না য়ৈথরকই লোইশিল্লগে মতাদা,
মরম হংলমদনা নহাক্না
জ্ঞান তানা লাল্লে হায়জখি
কোনখি অহন্দুগী মখোঙদা ॥

* * *

## অত্যাচার

হঅাই—

লিলা শাম্নরীবশিংনা ভাবোক কাউরে—
কমদৌনিশিদে— কমদৌনি—

* * *

## মেছিন

মীনা শাবা মেছিন পুম্নমক
মরুম কোকলে— মচা ওল্লে
রাজাও ঙাঙলে— মী হাংলে—
মীনা শাবা মেছিন পুম্নমক
পুন্সিগী অর্থ তানবা হৌরক্লে
ইজ্জৎকী লরাই থেংনবা য়াওরক্লে ;
অহবু, অহবু য়াম্নমক লুরিবদি
মেছিনশিংশিনা নিংশিংদে—
ফি শেংকনি হায়বা !

* * *

# যৌবনগী ঈথক ঈপোম্লক

ফজন্দ্রা— মরিক চুমন্দ্রা

অয়ুককি মায়থোং— মুমিদাংগী শক্তম

অহিংগী অচিকপা— পুল্লপ পুল্লরে—

নণ্ডগী মাইথোং লৈকোলশিদা ॥

ও···· কোংদোকপীগনু "নুংশিদে" হায়না

নহাকপু শেংনা ইন্নাংচবা ঐঙোন্দা—

কায়গদৌগীত ঙাইদুনা লৈরবা থম্মোয়নি।

ও···· লৈরমলে অচিপগীম্ভু ন্নাঙাং ; অর্থগীম্ভু অর্থ,

ওলাংথাগী অর্থ— ইংথমথাগীনা অমা

বসন্তগীনা নহাক— নাকেন্থগীনা ঐহাক

শুপ্পতগী অমা— শোদোক্লম্রে পুল্লপ ॥

ন্নাংপা নত্তে সংসারগী ফজবা

লৈবা নত্তে নাইতোম পুন্সি—

ন্নাহৈতগী ওইবা মুংশিবদি—

ওম্মোকপনি !— অন্নাবগী মশক্তি

নুংশিবগী অর্থদি- ঙম্মোই শুংহায় হায়দবনি

ঐবু মুংশিয়ু— নুংশিদ্রগম্ভু, থুংশিবা শাশিন্নৌ

নুংশিরবদি কায়নবগী অধিকার লৈতে—

অতুনা শে— অমুক্তং শেবা— অমুক্ত········

নঙনা ঐবু চুপ্পু— ঐনা নঙবু

নজ্রবদি,— পুম্নমকশিগী অর্থ করিন্নো

ঈশ্বরগী থৌরাংশে ইকায়বা পীগুমশিদ ॥

## ফিজং মরুমদা

মানা হায় মাদি লাম্দে,
নঙনা লাউবি নঙনা চুম্মী,
ঐনা খল্লি ঐদি কায়দে
অহুনা নত্রা—
অমম্বা যুখল মরুমদা
অমত্ত ঙাইরব অচুম্বনা
থোরকপ কিহুনা লোৎলিবা ॥
* * *

## ইচাগী ঈশৈ

হায় মমা নঙবু
ইচাগী ঈশৈ তাশি লাউ,
ডাক্তর তমহনগে খল্লিব
ইচা অহলগী ঈশৈ—
মমাম্নবশিংগ লাইধি শাম্নরুরগ
থরানদা থাবল চোংলুরগা
তত্তনা ঙংলক্লি ঈশৈ অমা—
অমাংশঙদা ঙংগদবা ঈশৈ অমা
তত্তনা ঙংলি চাকশঙশিদা ॥
* * *

## অতিথিগী রিপোর্ট

"মিং হিককবা, চহি কুনহুমদোই,
লৈকম তংদাবা লৈজদে
ইপাগী মমিং খঙজহৌদ্রে—
হিংবদি হিংলি হায়নৈ,
ইমাগী মমিংশু অশেংবা খঙদে
মহাকশু হিলি হায়নৈ,
হোববী— অৱাবা খাঙবা
মোটো— শিবানুমিংত শিবা॥"

* * *

## ইজ্জং

অহাঙবগা অহাঙবগা— ওইদবগ ওইদবগ
শমজিন্নবদ পুন্সি ললোনবনা
অচুম্বগী লাইরেম্বী নেশা পীথকখি
লোংনা তাই— নোং খাকখি॥

হিংনবা লাম্হৈংনবশিংনা হিংলবদ
অচুম্বগী লাইরেম্বী অনিরুক শি
ৱাংনা কাখৎখিবা মৈখুগী লম্বিনা
সহর গলিগী চঙকম তাকখি॥

* * *

U. KH.

## অরোনবা লুপা

লোনজা-লোনথুপ্পবা ইন্দ্রিগী লাম্ছেং
অঙানবা তাইবংদ ফোংদোরকপদ
লুপা খাউজাউ খাউজাউ
হৌরকফম খঙদনা কোয়রকই,
"লৌনিংব লৌ — ইজ্জৎত কল্লু"
হৌরকফম খঙদনা লাউরকই॥
শিগ্রবন্থবু হিংহল্লবা
অরোনবা লুপা খাউজাউ খাউজাউ
মখোঙ পান্দুনা চংলিবা-
কনানা তরাম ওক্লগবা।

* * *

## মঙদ মং

মিংশে হেক উইশিনবগ
উই ঙাল্লবা সমাজ অমা,
মিংশে হেক পাঙথোকপগ
উই মল্লবা সমাজ অমা—
মিং তাঙনিংদবগী দমক
মিং উইশিনবতারি পুন্সিচুপ্প॥

* * *

## মিত্তাংবগী পি

“ইচাশে নোকএ, নোকপ হৈরে
মপা নওবু য়েংলরাউনে”

“মমা ! ঐগ লৈহৌগদ্র— নংগ লৈহৌগদ্র
খওদ্রিবা অঙাং অহুগী রাগদা
সুঙাইবগী আশা শাগংলুহৈনু”

— পি তানা কপখি অঙাংতুনা
মমা-মপাগী রারিহুদ·······

* * *

## ঐনা হিংলিঙৈ

ঐনা শিরবদ— কপ্লিনিংঙাই লৈতবনিনা
শিদ্রিঙৈ মতমশিদা শোরাং শোন্নিংলে
ইশা ইথক্তনা কপচনবা—
মতুতদা—

শিরবা তুংদ থোক্লগদোবা কুম্মৈ অমা

উবা ফংজরবনি—
হিংলিঙৈ পুন্সিশিদা ॥

* * *

## হুইগী অঙকপা

নঙনা চারগা ঐনা য়েংলি
পীজদবগী ঐনা শাউদহুনা
য়েংলকই হায়হুনা নঙনা শাউরি—
অহুম চাউ— ঐস্মু য়েংগে
করি কায়বগে বন্ধু ॥
নঙন ঐবু শা কৌরি— ঐন নঙবু…নি খল্লি
ইমাইপেম্ন ! চৈহ্ পায়রগা হৌগৎলক্লদবু
ঐনা চেল্লোইদগী মরম করিনো ?
মরম লৈতনা ফুগে তাল্লবনিনা
মরম লৈনা চেল্লে ঐ—
"ঙশ্মীদকো অঙস্বা" !!

* * *

## অবস্তা

শক্লিবহু— ঈশৈ নত্তে— পৈশানিনে পৈশা ॥
মাঙদ তারিবশি— চাক নত্তে— অরাম্ব-খোরাংবনি ॥
কল্লিবা অঙাংহু— ঙমোক্কী নত্তে— হিংখিগে নিঙাইনি ॥
ঈশ্বর থুরুমলিবহু— বর নিরিবনি— মচা য়াম্নবা !

* * *

## মন্তিক্লবা

লাইশঙদ খোলা— খোলাদা ঈশ্বর
অপঙবগী ইজ্জৎ— অশিংবগী লুপা
অরানবা তৌবা—অচুম্ব থিবা
অউনপোংকী বর— লুহোংবগী অর্থ

* * *

## অচুম্বগী জয়

অচুম্বগী মায়োক্ত লেপ্লীবা মহাক
শিশু শিদে— হিংশু হিংদে।
শাংলবা হকচাংতুগী তেল্লবা কু
অশিবতু রা ঙাঙদে—
অচুম্বগীদমক থরায় মাঙগ্রবতুদি
কু মন্নুংতুদস্থু শিখিদে—
নোকখি— নোকশতমক ॥

* * *

## হৃদয় খঙ্করুবদ

......."Youth grows Pale, and spectre— thin, and dies ;
where but to think is to be full of sorrow"
— John Keats —

অশুম খঙ্করুরগা— পুক্নিদি পিডগী বরী ওইরমলে—
মরাল লৈজদবা পুক্নিনি— মীচঙ নাইদবা ঈশ্বরনি—
ঈশাগী ইরাশদা মীৎ তাঙজরগা—
করিগী দোষ ভৌরুরি সমাজবু—
ও খেন্নবা, নঙনিকো ঐবু হাংলিবা—
ঐগী কবিতাগী মরেকশিংশে—
মুর্তি ওইনা চোংথোকহল্লে নঙনা— ।
অশুম খঙ্করুরগা নিংঙম্মল্লে...... ঐদি

* * *

## "ঙসিথক্তংদি চংলুখিশি হায়রম্বনি"

অহুবু কায়খি,-- কায়দোগীত ডাইহুনা লৈরবা থম্মোয়, মচেৎ তানা; মায়থিখি, পুক্নিগী অরোয়বা খোঙজঙহুদ, মায়থিখি মরু ফংনা, অহুগা নঙনা, ঈকাইথিব-- রাঙাংদব শারহুনা, লৌখি থুদোংচাবা ; খোঙ্গোয়নখি, নঙগী মীয়ামমাঙ, "ঈকাইব খঙব্রবনি হায়বা", পীবিখি "মৈচাক"— মৈচাক য়াওদনা হিংবঙমব্রব ঐঙোন্দা পুন্নমক। নিজরম্বগীনি। পুক্নিগী অরোয়বা ওইনা নঙোন্দা, "নুংশিবীব্রে" খঙবশিনা মরম ওইরসনু— কাউননবা-খঙননবা নুংশিরকপবু নোক্রুরিবা, নঙনিদো, নোংমদি কপকদবা

১৬/৭/'৮২

লৈবাকপোকপা

# ঊনাগী খাংপোক

"Oh, lift me as a wave, a leaf, a cloud!
I fall upon the thorns of life! I bleed!"
— P. B. Shelly —

ঊনাগী খাংপোক— ঊনাতগী য়ুমথক
ষ়চি অমদ মালেমশিংগী— লৈকমনি মীগী
চহিচা কয়াদগী অরাংবা কাওলুপ্পা
কাওবদ— নৈবদ— ওৎপদ— কাউবদ
মাঙহনবা ঙমদনা লেপলিব ঙসিগু—
ঊনাগী খাংপোক— লৈকমনি মীগী,

ঊনাগী খাংপোক— ঊনাতগী ফক্লাং,
য়েংলমত্রবস্থু থোঙ্গালশিদ— লেপ্লমত্রবস্থু
শ্রীশ্রী জগনাঠকী রথগী কাংখোঙ
থুংলকতব— য়োরকতব— ওৎলদবদি নত্তে
নুমিৎশিমকী লাকঙম কাঙমত্রব নোং
কিন্থদব নত্তে মচেৎ তানা--। প্রকৃতিগী থোজালদা,

ঊনাগী খাংপোক— ঊনাতগী লৈতেং,
তিংখংতনা য়ুবদা হঞ্জিন হঞ্জিন
চৈনাখোল কাওত্রবা থাংঙমত্রবা খোঙ—
ভিক্কারীগী খোঙ— গতি লৈতবগী খোঙ
ত্বরায় ওকচবনি— খুত্থু নাইদনা,

উনাগী খাংপোক— উনাতগী খাংপোক,
কংগনি উনাতগী লমায়লকশিদা
তেক কায়রব পুন্সি শকতম
শুর কায়রবা পুন্সি ঈশৈ—
আশা তৌবা— কংনবা হোৎনব
কংব নংদনা মমি শামগ্রবা
পুন্সিগা খুত্তাইবগা মন্নৗ লৈনগ্রব
চহিচা কয়াগী পুন্সি ঈতিহাস,
উনাগী খাংপোক— অতোনবগী খাংপোক,
চাক্লব কংলব মমিচৎলব দিহেগী
শিগ্নয়কপ অত্তাওবা মীৎকী পি
খত্তবীদন উবিদন কপচৈ খল্লুবদ
খাত্তমগ্রব খশ্মোয়গী থেমজিল্লব পি
শিন্থকমনি পি— নৈহৎপীব' কাংলুপকী,
উনাগী খাত্তপোক— মতমপুম্বগী খাংপোক,
নোংমা চৎলবদ থাদোকতুনা পুন্সি
পোথাক্লগদব খাংপোক বৈতরনি ম্রাংমগী
কংজরবনি লৈবা— হিংলিত্তে পুন্সিশিদ।
লেপ্পা লৈত্রবা মীওৎপা কাত্তলুপ,
নোংমা চোকথরকপদ নখোয়গী থরায়না
ত্তাইবা ত্তম্লোই চিত্তাগী মৈনা
ম্রাংলবা দলাল শাবা লোইশিনবা,
পুন্সিসিগী ম্রাংমদ— বৈতরনি তোর্বানদা
তর ম্‌ ওকনি উনাগী খাংপোকু।

* * *

## বৃন্দ দান

কংচবনি—

✓মংলেম (লৌখিদবা- জুলাই ১১, ১৯৮১, পূর্ণযত্রা)
✓অঙাংমচা ( লৈখিদবা- নবেম্বর ৩, ১৯৮১ )
✓ইচোচা ( লৈখিদবা- মার্চ ২, ১৯৮২ )

শী মকমদ।

"No more,........never more........
হল্লক্করোই হল্লক্করোই........"
নোংখাং লৈমনা লমকেং লমহাইনা
ঈশৈ শকখি খোঞ্জেল থোক্ত
অন্ধবিশ্বাসগী ফিঙৌ— অকাউবগী লৈরোল
ময়ি চংলবা অশাবা মোংফম
ও........ কানানা উবিগবা লোম্হোক্লবা থম্মোয় !
তুমিন শিন্থজবা মীংকী পি !
নোংমা ! ও নিংশিংহৈজ্রবা নোংমা !
নখোয়না তাইবংপালবু শেংনা মুংশিজখি—।
ঙসিদি ! ও থন্থনিংত্রবা ঙসি—।
তাইবংপালশিনা নখোয়বু থৌজালবিরে—
অঙকপা থৌজালনি— কাউথোকপিবনি........
থঙবিনবা উবিনব কপ্পীনবা লৈতনা
চাক্লবা কায়রব অত্থানা পাইখিবা
অমুক্তং হল্লকখোকো রায়বা তাইবংদ
ওক্লমগে উনাগী খাংপোকশিদা
নত্রগা, ওক্লম্মু ঐবু—
বৃন্দাদেবী শাইগোন্দা— উনাতগী খাংপোকত
উন্নশিকো তংন-থানত্রবা লমদমহুদ........

* * *

## কোণ্ডমত্রব মুং। ... ...খোল

অইবা :— ইরুংবম দেবেন সিংহ
১০/৩/'৮২

খেম্নবগী তোর্বান থাংখদা—
মহাক্কী মোমোন— ঐগীনা পিয়াং
মহাক্কীনা মীয়াম্নবীবা থওইবীদব
ঐত্তনা মাবু নিংজব— মুংশিজব
মহাক্কা মুণ্ডাই য়াইফবগী মচা—
ঐনা........... ||.............||
ঐগী পুক্সিনা মহাক্কী আশাদা
মাগী মায়খোংত য়েংজরগ
হিংব ঙম্লিবনিনে ঙসি ফাওব।
অহুবু! মাগীদমক কপ্লিব ঐগীদি
করিগুম্ব খরদংস্থ খনবীদব
মানা মুংশিজব প্রেমিকতুগীদমক
মুণ্ডাইনা লেনবা ঙম্লিব
মানা ঐবু মুংশিবগী খুদম্লনে!
মা-ঐগী পুক্সিরক্ত চেল্লীবা
ঈরাওখোলতগী তুরেল— চাউরব পন
মা-ঐগী তুংগী পুক্সিদা—
থুংনবগী ময়েক লাব্রব খুদম্লনে!
মনাপুঙব পামেলতদ কায়দোংনিংখ
মাগী অশেংব থম্মোয় ওইগ্রব!
ও....অহেনবা পাম্ব তাইবংশিদ
লাইরবা ঐখোয়দি মুংশিহৈজ্রবরনে!?

# নোংমা লাক্কে

"খেন্নব ! ঈ ! শক্তি ! সিংহাসন !"
অশিত ঙায়রব মীগী খোঞ্জেল্লক্তে
ঐনা নঙবু শেংনা মুংশিরুবা—
নঙ ঐ হিংনা কায়নরবা ওইরম্বে।
বিদায় ! ও····বিদায়হায়বা ৱাহৈশিদা
অশিবা কয়ারক য়াওগ্রব !
ঐনা !— খনখিবা ৱাখল— ফাওখিবা চৈনা
খঙখিদ্রেকো নঙনা খন্দবদগী········।
অহুনা— বিদায় ! অমুক্ত তাখিদ্রিব ৱাহৈ
অমুক্ত তংখিদ্রিব পুন্সি মরেল—
অশিত থোক্কনি কিজবন—
নঙগতদি কায়নদনবা হায়হুনা
পি তানা খাঙলম্বনিকো ঐ।
অহুবু ! ফরেদনা শে—
ঐ মাঙলে-তাক্লে-কায়রে-লোইরে
নঙনা পাম্বহুমক থোক্লে— কংলে—
ইন্দ্রি-আত্মা-ঈ-শাদোং
ময়াই কারে ঐগী নাপল—
"নুংশিরম্নগা মাঙখিবা শিখিবনা
মুংশিদনা হিংবদগীদি কয়াদ ফগ্রবা।"
কাউথোকগ্রো— কাউথোকগ্রো অহুগা তাকপিয়ু—

U. KH.

নঙগী ঐগী নোংমা কয়া-
থমচেং থম্বাল্লকী নিঙাই—
পুম্রিল্লুংদ ঈরাক্ল— চীংয়াদদি ম্বারীন····
ও····উদনা লৈঙমখিদে খঙন খঙন···· ॥

নহাক্ল ঐগী থম্মোয় কায়হনবগী
নঙগীদমক হিংখিগে খল্লম্বা ঐনি

অহুবু- ! ঐনা চৎলবদ সংসার থাদোক্লুনা
নঙ ঐ অমুক উম্বরয়োই খল্লুবদ
নহাক্ল নুঙাইজনি খঙলবদ—

অহুবু ! নঙনা হিংথৌরিবদো
ঐগীদমক নত্তেকো খল্লুবদা
ঐগী থম্মোয়শে কায়রে— নুংঙাইরে
নঙস্থ ঐগুম্ন নুঙাইব ওইয়ুকো···· !!

নোংমা লাক্কে— ঈপাস্থাগী মতমদা
নঙগী পিরাং য়েংলগে তুমিন্ন ইদোম
ঐনা শিরবদ শিল্হরক্কনিদো পিরাং
হিংলিঙৈ নঙনা নুংশিৰীখিদে খন্ন ॥

ও নুংশিরবা— ফজরবা— নঙস্থ—
খঙলক্লবদি ত্মন্নম্মু নোংমদি ভাইবংদা—
"নুংশিনরীঙৈ নোক্লীবা ! নঙনি থুংলবদ কপকদবা—"

* * *

## মোনালিশা

মেকথি শক্তম অমা পুক্নিঙী
মচু মথক কয়াম।
থনজথি। চাঙদা কোক্লোয়াইদনবগুম
—বাঙল থেম্মনথি।
শেগায়থি মচেং তানা
মোমোন নোকপা মায়খোঙ
কোইরাওনবী মীৎক্সা থম্বাল
পুন্নমক অর্থ চেনখিদে
রাকংথি থম্মোয়দা
অশেংবা থম্মোয়
মরোল থোকখিদে॥

—নবা নাঙরেম
(ঙসি- মার্চ ২, ১৯৮২)

অহুদগীদি— অহুদগীদি—
ঐগী কবিতাগী মমিং লোইনা মুংঙ্গ্রে—
চৈনাথোল পীবা ওরহুদি নিলহৌরী—
O......the rest is but silence........
Silence ! that ever speaks to the sensual ears....
অহুনা ঐস্থু হায়রবনি—
নুংহাক্লা তম্বীবা রাহৈশে—
—বিদায়— বি........

লোইরবা।






চৎথ্রো-মঙবু মুংশিজব ঐবু খাংদোক্লো

নঙনা হল্লকপদদি ঐদি ঐশে ওইরম্লরোই

অতোনবগী খাংপোকশিদি খাঙকপ্পী অরা চৈনা

মুংকম্মি মৈচাক য়াওদনা চাক্রুবা মৈয়াগী

—খঙবীরব ঈতিহাসনা খাংপোকশিদ নিলহৌরী

—ওৎপীর' আত্মা'না মকমশিদত খাঙহৌরী

মতম থয়া হিংমিয়রম্বী হায়না

য়ারৌকম্নুকো ঐখোয়না শিরবদ



অইবগী :

<u>কোঙথ্রব :</u> "আশা হৌরী অনৌবা পৃথিবী"

( মনিপুর ষ্টেট কালা একাডেমিগী মতেং কংথ্রবা)

<u>প্রেছুত :</u> 'সুর কায়রব পুন্সি ঈশৈ' ( উপন্যাস )

"ঙসিথঙ্কংদি চংলুখিশি হায়রম্বী' ( য়ারী মচা )